

# শৈদম শৈরেং।

## অয়ুক অঙনবা।

নোংপোক লৈমা ইবেম্মা,
চীংখৈ ফিতুপ অহুমনা,
হোংবিয়ে খাংজেৎ অনৌবা ;
    থোরকলে হয়াওনা নোকনা।

ইনুংগী শোরা তৈখয়ে,
পোম্বী চেকলা য়াহৌরে ;
য়েল লাবা অমোমনা
    খোংসকলে কে-ক্রেক-কে হাঙ্গৈনা।

য়ুম খুদিং পাইহুনা,
চেকলা-মুবী ক্বাকনা,
তাইবং' জীব পূম্বদা
    পাউজেল্লে ক্বাক-ক্বাক হাঙ্গৈনা।

শৈদম শৈরেং।

মলয়া মুংশিং নামিবা,
লিরি খোংদোই হুন্দুনা,
হৈনম লৈনম মুংশিবা
য়েল্লরে মাইকৈপুম্বা শিম্থুংনা।

পোম্বী চেকলা খিবিকনা,
উশা রাশাদা তোংহুনা,
মুংশিরবা খোঞ্জেলনা,
শোল্লে মপুগী কোলোই নিংথিবা।

হৈপাল লৈপাল 'পুম্বা,
তরং লাইজা শিম্থ'না,
হৈরাং লৈরাং খুজোক
কংলকলে মপুগী চরণদা।

সংসার 'পুম্বা হরাওরে।
মকা ফল্লকলে থম্বাল,
মবুংঙো উজরনি থনবদা।
ফিরুক খুমখ্রে থরোদি রানা।

নোকই মতৌ উবদা,
হাঙ্গৈ থম্বান্না থরোদা;
"রারুম্নু থোইনা ইতা,
মথং মথংনি অরা, মুংঙাইবা।"

শিম্থা কনবা মীশিংনা,
য়াহৌনখ্রে ঙমনা
মপুগী কোলোই শোল্লগা
পাঙ্গৈথরে মাগী মাগী মশিল।

হে ইচিন ইনাওশা !
হৌগৎলো মতমসিদা,
মপুগী কোলোই শোল্লগা
পাঙ্গনরো নংগী নংগী নশিঙ্গ।

---

## থম্বাল।

শিঙেল্লক্কা অথোইবী লৈয়াংলক্কা অহেনবী
শা৴াইয়ে লৈম্নুংশি থম্বাল নিংথিজনা।
চীংয়া তময়া ঙাল্লে পাৎ অপূম্বা নিংথিয়ে
মাইকৈ মরি থনথয়ে লৈনমতনা।
ইশংশংবা থমনালক্কা শংবানবা লাইজথক্কা
মুংশিংনা হুম্বদা হয়াও' জগোইশারে।
উজবদা নিংথিবতু খোঙ্গয়াংলে খোইমু
কোঙ্গপাই পাইদুনা ভুং ভুং ঙংলরে।
খোইমু খোঞ্জেল তাবদা ফল্লে থম্বালমকা
থোইনা হয়াওনা শারকলে জগোই।
করম্বা জগোই শাবীনা ঙমগদগে শাবা
অশুক নিংথিবা জগোই মশা অসি।
হা থম্বাল ! পাম্মুইদা নংগী নশক নিংথিবা
মাংখিগদবা মতম লাকলগা।
য়ারুগমু লৈম্নুংশি সংসারগী হৌনবীনি
সংসারসি ফংলগদবনি নংগী দশা।

---



## উনা।

তাইবং মিং পেল্লম্বা ইশং শংনা,
পামেলগী লৈতেং ওইরম্বা নিংথিবা,
হে উনা ! পুনশি লোমলমাল্লে,
উফুল্লক্তা তাইবং খোংগাওনরেদো।

নফম লেংদ্রিবৈ নপাল ফবিদৈ,
মালেম মুংশা মৈনা চাকলিদৈ,
শাইদাংলম্বা ঙাকনি নহাক্কী,
তৌবিমল লমন শিংলরে নেৎপনা।

---

## লাইরবা।

ময়াই কারিদৈ শেন্না
মতম অমদা,
লাইরবা অনংববু
তুক্কচখি ঐনা।

ব্রাহ্মণ চংজয়কপা
পীথি ইকাইবা।
তানথোকখি নোকনা
অথীবা ব্রাহৈনা।
অবাবা নুংঙাইতবা
লৈখিদে ঐঙোন্দা।
মরুপ মপাং কয়ানা
লাকপি য়ুমদা,
পেন্নবা ব্রাহৈ কয়ানা
তাকপি ঐঙোন্দা।
মুমিংচুপ্পা ফমদুনা
হোৎনৈ নিং' থুংনবা।
খল্লমই ঐহাকপু
কয়াদা নুংশিবা।
লৈজবা খিবিক ঐগী
মাংহনবি তুমনা।
থম্বিরমলে ঐবু
নহাক্কী তম্পাক্তা।
তাকপিরে সংসারদা
কনা লৈ চান্নবা,
কনা লৈ শাগৈনাতৈ,
কনা লৈ অতোপ্পা।
পাংহন্দুনা ঐগী মিৎ
তাকপিরে নংনা,
ক্ষংঙমদ্রবা ব্রাখল
লৌশিং অপুম্বা।
কনা লৈ ঐগীদমক

সংসার অসিদা,
লেপ্পিগদবা কনানো
সংসার' ব্রাংমদা ;
ফংঙমদ্রবা মন্ত্রসি ভাকপিরে নংনা।
( হে লাইয়বা )
কনা লৈরিবগে
মরূপ নংগা মান্নবা।
লল্ ময়াইনা তুংদা
বুদ্ধি মাংলবদা,
খাম্বিয়ু ঐহাকপু
লেপ্পিহনা নাক্তা।
মতম পুম্বা লেংদনা
লৈবিয়ুনে নাক্তা।
( ঙসি ) মিং অনিমক পাংজরে
নহাক্কী থৌজান্না।

---

## মৈচাক।

হোন্দোরকপা স্বরনা মুংশা মপৌনি।
মচিন্দস্থু মুরুম মুরুম শোল্লি।
মরক মরক্তা হেক হেক নোকই।
ভাইহাকস্থু অমুক মকপই।
মৈচাক খাংই ব্রানা থম্মোই কংনা।
মরক মরক্তা হাঙৈরকই ব্রানা,
" ফংলরোই হন্দক্কী মপোক অসিদা।

উয়রোই অমুক হন্না পুনশিসিদা।
তায়রোই তায়রোই য়াহৈ নিংথিবা।
অফবা থবক্তা পুকনিং থৌগৎপা।”
কান্নরোই মুপা খল্লুয়ন্নু, খল্লুয়ন্নু,
খাইনা মৈচাকনা চাকলিবা নংবু।
সংসারগী হোংবা য়াত্রবা লিচৎনি,
মথং মথং চৎকদবনি ঙমনমকসি।
অমগী য়ানবা পোকহনবনি অমা।
থিরুন্নু, থিরুন্নু হিদাক লাঙ্গৈনা অতুগী,
থিরু থিরুরগা হেল্লকনি মৈরি।
কনানা থোক্তে করিস্নু কনা অমগী।
নিংশিংউ তত্তনা ঈশ্বরগী মায়ানি।
কোক্কনি মৈচাক লাঙ্গৈনা অতুগী।

---

## সীতা হূবদা জটায়ু।

পাঙ্গল লৈত্রবী য়ায়বী সীতানা,
তেংথায়রকই জটায়ু য়েংলহুনা।
য়েংউনে, হা উচেক নিংথৌ জটায়ু!
হূহুনা পুরিবসে রাবণনা ঐবু,
কল্লবা ফত্রবসিগী মথুত্তগী
ঙম্মরোই ঐবু মুনবিহৌবদি,
তম্বিয়ু রাম লক্ষ্মণ অনিমক্তা
পাউ অসি ঐবু হূহুনা পুরিবা।

তারহুনা সীতানা তেংথারকপা,
য়েংলকই উচেক নিংথৌ জটায়ুনা,
উহুনা সীতাবু রাবণনা পুরম্বা
হাঈরকই নিংথিবা রাহৈনা রাবণদা,
"লঙ্কাগী নিংথৌ রাবণ নহাক্তি
প্রজা য়োকপনা নহাক্কী ধর্ম্মনি,
চত্তনা নিংথৌগী হৌনবী শাজত্তি
করি শাজংনো মীগী নুপী হূবদি।
মীনোক চংবা ফত্তবা থবক্তি,
তৌনদে লমচৎ ফজবা মীনদি।
অফা ফত্তা নিংথৌগী শাজত্তি,
অঙম অথৌ প্রজানা তমনবনি।
মপাগী রাশক ঙাকলিবা রামনি,
চহি তরামরি বনদা লাকলিবনি।
মাংনবা তৌরদে লৈবাক নহাক্কী,
তৌরদে অরানবম্ন নঙোন্দদি,
করিগীনো লংজকরিবা নহাকনা
কনাদসু লান্দবা মী অত্তুদা।
তৌফদে মতিক চাদবা থবক্তি।
তৌফদে ধর্ম্ম মিংচৎ মাংবা থবক্তি।
নমজা নমথেবনা সীতা পুবদি,
য়ারোই পুখিবা ঐগী মাংদদি।"
জটায়ুগী রাহৈ তারগা রাবণনা,
শাউনা হোৎচিল্লকই জটায়ুদা।
হোৎচিনখ্রে জটায়ু রাবণ তমনা,
অনিমক থেংনখ্রে লান কল্লবা।
থোরবা তেল কয়া কয়া রাবণনা

নোংচুবগুম কাপলে জটায়ুদা,
পাল্লবনা মশীং নাইত্রবা তেন্না
নিংথিরে ( জটায়ু ) মকোন্দা লৈবা উচেক্কুমনা।
তেনগী চৈনাখোল পুমনমক
সীতা য়েংলুবদা মাংখ্রে ভমনমক।
সীতা কনগে খনখিবা ৱাখলনা
মথৱাই পাম্মুখিদ্রে জটায়ুনা।
তেন অয়াম্বা কাপলকপা ৱাবণনা
য়ৈথেকই 'শানা তেন কয়া কয়া,
পাইশিন পাইশিন ফুই 'শানা,
চোংশিন চোংশিন খোংলুই খুজিন্না;
মশানা ফুত্নুনা, খুজিন্না খোত্নুনা,
লিরুং থুদেক্লে, হোগাইরে মশা,
লৈরক্লে খুৎলাই ৱাবণ মথুক্তা;
সিতা পমনা তারকলে লৈপাক্তা।
অথৌবা থাংলেন শৎলগা নাক্তগী
ককখ্রে ৱাবণনা মশা অনিমক জটায়ুগী।
মুল্লবা কোনা মহৈ কেনবগুমনা
জটায়ু তুখরে লৈপাক মথক্তা।





## নুমিৎ থোরকপা।

নোংপোক ম্াইকৈ শেংলে অমম্বা অমতা লৈত্রে
মাইকৈ পুমনমক ইঙান ঙাল্লে।
ঙাঙ্রাননা উরকলে সনা মহী চেল্লকলে
নোংপোকথংবা মাইকৈ নিংথিজরে।
নিংথিরে সংসার পূম্বা হোংলে ফিরোই নিংথিবা
ওক্কে থোরকলে ঙমনা করোহনবা।
অহিং' লাইজা লিকলা তিংথৌ মতোন্দা পকপা
নিংথিজরে মুক্তা পরেং পানবগুমনা।
খাগী মুংশিং নামিবা হুমলকলে তপনা
পুহ্না হৈনম লৈনম মুংশিবা।
পোম্বী চেকলা য়াহোখ্রে চিঙ্াক থিবা চৎনখ্রে
মানা মানা নিংবা লমদম তমনা।
অহিংচুপ্পা ঝারুরবী মাইথোং মকা লাংলম্বী
মোমোন নোকচরকলে থম্বালদো।
ফুগাইনা শাংলম্বী খেকনা নোকচরম্বী
ফিরুক থুমখ্রে মুংঙাইতনা থরোদো।

ৱাহল্লগা অমবু মুংঙাইহল্লি অমবু
থমদে খুবাক খুনম মান্ননা ।
সংসারগী হৌনবী খল্লুবদা ঙকই
খুৱমজৈ ঈশ্বরবু অসি উরগা ।

---

জগন্নাথ তর্কপঞ্চানন অমস্তুং মাহাকী পোড়ৱা ।

জগন্নাথ ৱাঙাং ফ'বা,
ৱাহৈ মকা লামদবা,
পণ্ডিতনি তাকপিবা ফবা ।

নোংমগী কোয়ৌ সুমিত্তা,
পোড়ৱা মচা অমনা
থীনা ঙাংখি পোড়ৱা অমদা

নোংমা স্কুল কারকপদা,
হূই অমনা থোংজিন্দা
হিপলম্বা উয়ে জগন্নাথনা ।

হাঙ্গৈরকই মাহাকনা,
হূই অহুবু য়েংলগা
" চৎচগে লম্বী পীনবিয়ুবা ।"

তারবদা ৱাহৈ অহু
চৎথোকখ্রে হূই অহু,
চংলকলে জগন্নাথ ইমুংদা ।

থোৌদৌ অদু উরবদা
ওক্তুনা পোড়রা অমনা
হংলকই মাগী ওঝাদা

" তোল্লবা তুইদবু
ফজ'ব্রাহৈ হাঈববু
করি কান্নৈ, তাকপিয়ু ওঝা। "

হংলকপা অদু তাবদা
মোমোন নোকলগা
খুমলকই জগন্নাথনা,

" তত্তনা ভাংবা ব্রাভাংদি
থীবসি হৌনদবনি
থাবা ওমদবনি হৈনখ্রগা ।

তুইসিগী মফমদা
অকাম্বা হাঈরুরগা
শিনশা ওইখ্রগা মাতুনা,

অওম অথৌ তিল্লগা
চিল্লাং খরাং হাঈখ্রগা
চোপকনি খল্লিনে ঐনা । "





## সীতা হূখিবদা রামনা ভেংথাবা ।

য়েকনবা ময়াই থুদেকলগা
হল্লকপদা রামনা খাংপোকতমনা,
য়েত্তা লমহূইনা চেল্লকপা,
ওইদা লিলবু উরকপদা
রাখল লংজিন পূনখরে
মরোল মরোল থল্লকলে ।
লাউখিবা খোন্দো হিংচাবনা
তারমলগা ইনাও লক্ষ্মণনা,
হুঞ্জেকলগা সীতাবু মথন্তা
লাকলমগদ্র। মাহাকনা ?
মারিচনা লাউবত্থু তারগা,
অচুম্বা ওইরিনি খল্লিদ্রা ?
নোংদম্বা লাইগী থুজিন্না
অরাবদা অরাবা তারগদ্রা ?
মরোল মরোল থল্লুরগা
হাঙ্গৈরকই রামনা নোল্লুকনা,
" তাবিয়ু লাইয়াম অপুম্বা,

ঙসিগী করৌনোংজা অসিদা
ঙাকপিরম্মুনে সীতাবু
কনবিরম্মু নংজয়কলবীদুবু।"
নিংলম্বা খিবিক্কো রামনা
থোকলরে ঙমনা মাংদা,
উরকলে লক্ষ্মণ লাকপা।
হংলকই রামনা ঙকনা,
" করিগী লাকলি ইবুঙো নংদি
মথন্তা থনম্মগা সীতাবুদি ?
ঐনা নঙোন্দা শিন্নরম্বদাই
কনাদা শিন্নরম্মি নতৈমদি।
মাংলে, মাংলে নংনা তৌরিবসিদি,
চেংলৌ উররোইনে জানকীগী।
শুকলবা দণ্ডক বন অসি
হিংচা য়াইতম্বগী ময়ুমনি।
করম্বা ফত্রবা খেনফমদা
খৎনরুরবা হিংচাবশিংগা।
হিংচাবগী লৈফমনি উমংসি
কোক-তোল খংলিবনি নংদি,
নংনি ঐঙোন্দগীসু শিংলিবা
থৌরম অপূম্বা থৌরাংলিবা।"
ঙাংনা, ঙাংনা লাকপনা অনিনা
থাংপোক লৈরিবদু য়োরগা
" সীতা, সীতা " কৌরে রামনা।
য়ুমতা নাইতোম লৈরম্বা
সীতা লৈরমদবা উবদা
বজ্র কোটী তাখ্রে রামদা।

হাঙৈরকই রামনা লক্ষ্মণ য়েংলগা,
"ইবুংঙো লক্ষ্মণ! করিনোনে
সংসার অপূন্বা মমথরে।
সীতা লৈরমলরোই নিংবদো
শোইরমদ্রে হাঙৈখিবদো।
নাইতোম য়ুমতা থনমলগা
হূখ্রবনো সীতাবু বনানা?"
লৈরমগদবোই খন্দুনা
থিরকলে সীতা রাম লক্ষ্মণনা।
হন্দুনা হন্দুনা থিরকপনা
চাইরকলে গদাবরী মপাল থুংনা।
চৌংগী লোকন্নুংদা চংহুনা,
মুনিগী তপোবন্দা চংহুনা,
সীতা থিরকলে রাম লক্ষ্মণনা
মাইকৈ অনি চাইদুনা।
অমুক য়েংখ্রবা মফমদু
হন্না য়েংলুই অমুকস্থু।
হঞ্জিন হঞ্জিন থিরবদা,
মফংলক্রবদা সীতা
রাম কপলকলে হিকনা,
থবাক চোৎথরে পিনা।
রামনা তেংথাবা তারগা,
কপলে বনগী উচেকপূন্বা।
লৈরিবা মুনি ঋষি খিবিকনা
থেমজিল্লি রামবু নিংথিনা,
য়াখিদ্রে থেমজিনবা রামদো
কাউগে ঙমখিদ্রে সীতাদো।

"সীতা" হাঙৈনা ওনখ্রে লৈপাক্তা
থম্মোই চাকনা হিকনা
তেংথায়ে রাম লক্ষ্মণ' মাংদা।
হাঙৈয়ুনে লক্ষ্মণ ইয়াম্বদা
কদাইদা লৈখ্রবগে সীতা ?
লমদম কৈদা লৈখ্রবগে,
মাইকৈ কদোমদা চৎখ্রবগে
ঐঙোন্দা তাবলম্বস্থ লৈতে,
নহাকনা খংহৌবস্থ নৎতরে,
গদাবরীগী থম্বাল মরক্তা
শান্নখ্রিমালে থম্বাল সীতা।
মপাং ফংতুনা থম্বালশিংনা
লোৎখ্রমালে থম্বাল মরক্তা।
কুইনা খৌরাংনা ঙাইরবা
থানি নিংনা উমখ্রবরা রাহুনা।
লৈবাক থাদোকপা উত্তুনা
মচানুপী লোৎখ্রবরা পৃথ্বীনা।
লৈবাক থাদোক্কুনা লাকলবস্থ
ইনাক্তা লৈরম্মিনে লক্ষ্মীহু;
অতুগুম্বী লক্ষ্মীদো মাংখরে
কৈকয়ীনা নিংবা থুংজখ্রে।
নোংথাংবু লোৎপগুমনা নোংনা,
লোৎখ্রমালে সীতাবু উমংনা।
সনাগী উরীনিনে সীতাদো
কনানা থদৎখ্রবগে উরীদো।
হুমিৎ, থা, থরাম্মিচাকনা
মাংহল্লি লাঙৈনা অমম্বা;

ঐগী পুকনিংগী অমম্বদি
কোকলরোই সীতা নত্তনদি।
সীতানা নিংনফমনি ঐগী,
মণিনি ঐগী থম্মোইগী।
মণি মাংখিবা লিল গুমলে
মণি পীরগা কল্লু থরাইসে।
থৌজাল হৈরবী পঞ্চবতী!
থৌজাল উৎলিবোইরে নংদ
ঐগী নুংশিথোইরবী সীতা
কনাদা পীবিথ্রবগে নহাকনা?

---

## অহিং।

মালেম অঙানবা তাখ্রে,
মাইকৈ অপূম্বা মমলে,
থাংমৈ পরেং থানবগুমনা
থোকলে থরাম্মিচাকনা,
ঙাল্লে অতিয়া শিম্থুংনা।
চাক্তারম্বা পোম্বী চেকলা
পোথাখ্রে ঙমনা মকোন্দা।
মপারী মৈনা চাকলম্বী,
মমোম মৈচাক থাংলম্বী
লাইবকথৌবী অপূম্বা
য়াতাখ্রে নিদ্রাগী তম্পাক্তা।
য়ুমথোং খুদিং চংলহুনা
কোইনা চাকনিবা চৎলম্বা

পাম্বৈ লৈত্রবশিং অপূম্বা
পোত্থাখ্রে অৱাবা হুপ্তেক্তুনা।
মীচিক মীখোল তাদরে
সংসার অপূম্বা চিকলে।
মপুনিংবা তাওবা হূইদি
মৱক মৱক্তা খোংলি,
ঙাকলি য়ুমকৈ মপুগী
উৎলি খুদম মপুনিংবগী।
উৱা নাপীশীংবী খিবিক
মরু ঙমনা ইরুক লুক
মহৈ মহৈ তুমিন তুমিন্না
লৈখ্রে লাইনিংবগুমনা।
( মতম্ অসিদা ) খোংলকলে মকু তক্তুনা
"কু 'কু" হাঙ্গনা হৱাওনা।
চাক্তাখ্রে শেকপি হৱাওনা।
চৎনিংবা লম চক্তুনা।
কিৱবা কৈ নোংশানচিংবা
থোৱকলে মচিঞ্জাক থিবা।
লাইনিং চেৎখ্রে কাংবু অমনা,
থোকপিখিন্নু কোরৌহনবা।
নিজরকলে কাংবু অমনা,
থোকপিৱকলো করৌহনবা।
ঙকই লিচৎ সংসারগী
ঙকলবা খুজিন্নি মপুগী।

---

## কোংঙ্গেং কোকফাই।

কোংঙ্গেং কোকফাই কৌবী
ঈশিং নৈমনা পোকপী
নপাম লম হুঙ্গেক্কুনা, মালংলমদা লাকলগা
করম্বা থৌরম থিরি ?

চরাংদা কাইদোংলগা
ককলাদা কারকলগা
ককলা মনা অমদগী, অমা তান্না লামবদি
নথংলেন কনা থিরি ?

ককলা থুংনা চৎলগা,
মুন্না মুন্না য়েংলমলগা,
হুপলালক্তা লাকপনা. কোচিন কোয়া য়েংবনা,
নতারোই কনা থিরি ?

খংলে খংলেনে কোংঙ্গেংও !
নংনা কোইনা থিবদো।
নশা লুম্মে খনবনা, কুম-থা ওইরে খংনা,
চাগোকফম থিরিবনি।

হুপলালক্তা মকোকউ,
ককলালক্তা মকোকউ,
ব্রাহৈ মকা লাম্মরোই, নাকোং ব্রাই চিল্লরোই,
মরমনিনে নহাক্কী।

নপান্নী নম্বো পোরিবা
করি থোদোনো তৌরিবা ?
শিম্নোং খংনা শিম্নাদ্রবদি, শিল্লম নম্বো পোবসি,
তাক্কে থৌরাংবোই নংদি।

---

## খোম্থাং।

ঐনা ইশৈ শকলগা শকলিবা,
ঐনা লাউরগস্ত লাউরিবা,
ফনা মান্নরি ঐগী খোন্দাগস্থ
কনানো শকউদবা নগাকপু ?
থোরকউ লাও ঐগা ব্রারী শাশি।
থোরকউ লাও শক মখংনশি।
নশক্তি উদে হে নোকনচাউবা !
হৌনদবনি (মীগী) মতৌতমনা নোকনবা।
হেক ঙাংলকপদি ঐগী তুংইন্ননা,
খংপেক খংপেক খংই খংহৌদনা।
হৌনদবনি মীগী চিন্থক্তা ব্রা ঙাংবা।
চুমদবনি মীনা খংনবা তৌবা।
নংনা ঐবু করিগী শুক তাথিরি
য়েকনবা থমদবনি অফবা মীদি।

---

নোংঙাল্লমদাইগী শজীক।

অচিকপতনা নংগী ওইবী,
চিকলবদা চিকনা থোকপী,
চিকনা ঙানবী হে শজীকও!

নংনা থোরকপা উরগা,
চংখরে থানা মুংঙাইতনা।
সনা লৈত্রেং মচু মানবীও!

লৈরাং থম্বাল কৌবী লৈমুংশি,
হরাও মোমোন নোকচরি,
মথংলেন উরগনি খন্দুনা।

অহিং চাকথোকপা জীবনা
চৈরি খোইরাং খোইশাউননা
নহাকপু চিংনা চিংনা য়েংলগা।

মাখোইনা চৈ-থাংবা তারগা,
থানা শাউজংনবা উরগা
অরাবা থাংনা নিকলিবরা?

সংসারগী নিংথিবা উরগা,
থম্বালনা হরাওবা উরগা
হরাও তুজুংনা নিকপরা?

মীগী অরাবদা রাগনবী,
মীগী মুংঙাইবদা পেনবী,
নংগী শাজং থাগৎনফমনি।

ইংনা ইংনা খ্বাইবু ইংহল্লি,
মপুগী য়াথং কাঙ্গৈদনা ঙাকলি,
নংগী নতৌ তমনফমনি

---

## তেনব্বা।

উদা তোংত্বনা তে তে খোংলিবা
নিংথিবী হা চেকলা তেনব্বা।
নমাংমক্তা পোনগী মন্নুংদা,
মমিং মনা উইনা খল্লিবা
উদ্রবয়া নতারোই অসি,
খন্দ্রমালে চেকলা নমান্নবনি।
( নতারোইসে ) শিজনিংদে সনাগী খোংজিস্নু।
লৈজনিংদে য়োংকী পোন্দস্নু।
চাজনিংদে চিঙ্গাক নিংথিবা।
থকচনিংদে অরূবা লাইজা।
চিকথংলি পিকলবা মচিন্না
কল্লবা য়োংনা শারবা ফৈরা।
চেকলা মপাঙ্গল শোন্নবনা
ঙমদ্রে পোন্দগী লিংথোকপা।
চেকলা মনিং তমলিঙৈ
শোংলবা বন্দা লৈরিঙৈ
চেকলা শঙ্গু শঙ্গু পাইরগা
চানিংবা উহৈ পেন্না চাজবা।
লাইজা ঈখৌ লাংলবদা
চাংন্নুংগী লাইজা নিংথিবা
অরূবা খন্না পেন্না থকচবা।

মালেম অঙানবা তাখ্রবা,
লাইজা লিকলা তারবদা,
পামেল উনা অপুংবদা
চেকলা শঙ্গু য়াইরেকপা।
লিশিং লিশিং মুঙাইবা কয়া-
কপলি তরং লাইজা শিন্থনা।
হা চেকলা অপিথক! লাক্কনু,
তাইবং মীনাক নকনিংগনু।
চেকলাসিনা ফংলিবা অন্নাবা
ফংগনি নংসু শোঙ্গদনা।

---

## মতম।

তত্তনা চেল্লিবা তুরেনগী ঈশিংগুমনা,
পুনশিগী তুরেন্দা চেল্লি মতমনা তত্তনা।
ঙাইবিদে কনাবুস্থু।
তাকলমদে কনাদস্থু।

মাংদা চেনখিবা তুরেনগী ঈশিংনা,
চেনখৎলক্তে হান্নগী মফমদা হন্না।
ঙরাং নহাল অসিস্থু।
হন্না লাক্তে অমুক্তস্থু।

ঙসি ঙসি হয়েং হয়েং মাংখি মতমস্থু।
হন্না য়ৌনবু য়েংবিরমদে কনাবুস্থু।
মুংশি হৈতবী মতমনি
ন্নারকচেৎপী মাহাকনি।

চানবীদে মাহাকপু লাঈবা মাখোইদা।
থোজানবি মাহাকপু লুনা তৌবা মীহুদা।
অচৌবনি খাঈদোক্তে।
লাইয়বনি য়েংবীদে।

---

## মরুপকীদমক তেংথাবা।

[ গৌহাটী "মৈতৈ পত্রিকাদা" ফোংখিবা ]

পাইমা লৌশিং চাউবা,
থোনানা মাংওইনবা,
মৈতৈ পাঙল্লক্তা নিংথিবা,
য়ুসুফ মুন্সি মপারী,
মহম্মদ জহুরআলি ;
মরৈবাক্কী ব্রাখনবা,
মহৈতম্বা খোঈজংবা,
মরুপমপাংদা ব্রাখংবা ;
পল্লেম মুংশিবী শেংনা,
পন্থৌ মুংশিবা কাঈনা,
মহৈ তানগে চৎখিবা,
কলিকাতা মপুংয়াইদা,
ব্রীপোন কলেজগী,
য়োখ্রে অহুমশুবা চহি ;
পুনসি ইচেল তেনবনা,
নিংবা কোঙ্গাই থুংদনা,
নোংদম্বগী নোংদমনা,
১৯৪২ ইং কুমজা,

নবেম্বর হুমনি চনবদা ;
পাঙল পামেন্দা শাৎপা,
লৈরাং পোমশাৎনরম্বা,
( লৈরাং ) কেনখরে খাংউথক্তা।
পল্লেম পন্থৌ অনিনা,
মপান্না মৈনা চাকলিবা,
তেংথাসিগে করি হাঙ্গৈনা।
খাজং থৌনি পীগনবা,
চীংঙু লাইগী খুয়াদা,
খুরাং চাজৌ লৈতানা,
তরং লাইজা শিন্থনা,
নিজরি হন্না হন্না,
"হে লাইও লাইনিংথৌ!
তেংবানবগী পন্থৌ!
লৈরাংনা কেনখ্রবস্থু,
মরুদি মাংহনবিগনু,
হুনবিয়ু তাইবং লৌবুক্তা।
নংগী শিন্থাদা ব্রাৎলম্বা,
শিন্থা মথাক লৈহৌবা
পীনবীয়ু মতোল লোমলবা"

---

## পূর্ণিমাগী থাবল।

থোরকলে পূর্ণিমাগী থা নোংপোক মাইকৈদা।
ফিঙৌ ফৌরে থাবলনা মালেম লৈমাই শিন্থংনা।
অতিয়া মকোঙ্গৈদা কোঙ্গৈনা শান্নরম্বা লৈচিন্না,
চীংয়া তমন্না তমখরে ইকাই মুংশি য়ান্নরনা।

নংগী নগুন্না শুক্ষৎলে সংসারগী জীবপূম্বা।
মরাই ঙম লুকখরে উপাল রাপাল 'পূম্বা।
চেকলা নোংইন্না শান্নজরে তুবৎ পাইতুনা,
মালংবস্থু লিরি শিত্তুনা শান্নজরে হয়াণ্ডনা।
নংগী নতৌ নিংথিবা করি হাঙ্গনা থাগৎসিগে।
নংগী নগুণ অচৌবা করিদা পান্দমলসিগে।
নংগী নতৌ নিংথিবা পেনবা লৈখিদ্রে য়েংবদা।
মাংগী নুংশিবা রাখলস্থু থল্লরে থম্মোইদা।
নুংঙাইবা রাখল থল্লবগুমনা থম্মোইদা,
য়েল্লরেনে অরাবগী রাখলস্থু অতুগী মথংদা।
নুংঙাইবা হেঙ্গৎলকপগা অরাবস্থু হেঙ্গৎলকই।
নুংঙাইবা হস্থরগা অত্রাবস্থু ময়েং তাই।
নুংঙাইবা হাঙ্গবসি অরাবগী হৌফমনি।
অসি শোইদ্রে হাঙ্গবসি নিংজরগে ঐতদি।
হে থাবল! কদাইদগী থোরকপনো নহাকপু!
খুরুমজরি হন্না হন্না নহাকপু শেম্বা মপুবু।

## কোকিলদা।

নশক উদ্রিদৈঙ নখোল তাদ্রিদৈঙ খল্লমই,
হা কোকিল! করম তৌরিগবা নং অসি;

নশক কয়া ফজরিগবা,
নতৌ কয়া নিংথিরিগবা,
নখোল কয়া নুংশিরিগবা

পাইখিগনু ঐবু মীরৈবাক্কী মীনি খন্দুনা,
হঙ্গোইগনু মণিপুরগী মৈতৈনি খন্দুনা,

নশক মুন্না য়েংহৌখিগে,
নতৌ নিংথিনা য়েংহৌখিগে,
নখোল মুন্না তাহৌখিগে।

নহাক্কী নুংশিরবা কুহু খোঞ্জেন তাবদা
নিংশিংলকলে ইরৈবাক, মরুপ মপাং নুংশিবা,
থম্মোই লাংতকনরকলে,
নুংশিগী মৈরি হৌরকলে,
অহোইনা চাকলকলে।

বসন্তগী নিংথৌ! বসন্তগী নুংঙাইবতা ফংলিব',
ঋতু নিংথৌ বসন্ত লাকলদুনা লাকলবরা?
রা হংখিগে তাও মুন্না,
করিননো নংনা লাক্লিবা
মণিপুর সনা লৈবাক্তা।

চীংলোন মাপন্না কোঙ্গইদুনা লৈ হাঙ্গনা তৌব্রা?
অকনবা মৈতৈ নিংথৌগী লমানি হাঙ্গইদুনা কিব্রা?
মৈতৈগী লমচৎ হঙ্গোইব্রা?
মৈতৈ নুপীবু ইকাইব্রা?
করিননো হাঙ্গয়ু চেকলা।

নংগীদি চহিচুপ্পা বসন্ত ঙাক্তনি হাঙ্গ,
মণিপুরগী বসন্তদদি করিগী লাক্তে নংদি?
মণিপুর সনা লৈবাক্তা
বসন্ত ঋতু লৈতবরা?
করিননো হাঙ্গয়ু চেকলা।

সনা লৈবাক মণিপুরসি মমিং চৎপা লৈবাকনি,
অন্নাৎ অপা লৈতবা, মীখা পোন্দবা লৈবাকনি,

চানিংবা ননিং থুংগনি,
থকনিংবা ননিং থুংগনি,
চংলুসিনে হা চেকলা।

হয়াও তয়াম পাম্বা, ইশৈ নোংমাই পাম্বা,
সনা লৈবাকনি মুংঙাইবতনা থনবা,
হৈরাং লৈরাং ৱাত্তবনি
নংনা য়োদ্রিবা লমনি
চংলুসিনে হা চেকলা।

উশাদা তোংদুনা নংনা খোংলিবা কুহু খোঞ্জেনসি
সনা লৈবাক্কী হৈয়াং লৈরাং মরক্তগী খোংলবদি
শাবী শানৌ অপূম্বা,
কাউগনি অরাম খোয়াংবা,
চংলুসিনে হা চেকলা।

নংনা কুহু কুহু খোংবদি ঐনা হাঙ্গৈবসিদা
ঐবু কাউহনগে তৌত্রা নংগী কুহু খোঞ্জেন্না।
চেকলা নরোনস্থ খংদে,
করি হাঙ্গৈনা লৌ হায়বগে,
হাঙ্গৈয়ু হাঙ্গৈয়ু চেকলা।

ঐনা হাঙ্গৈজবসিদা চাউথোকলবরা চেকলা,
চাউথোক্কস্থ, নশকস্থ ফজবা নত্তে থোইনা,
কুচু হাঙ্গৈরা মুস্থক মুই,
নমিৎ হাঙ্গৈরা ঙাংশং ঙাংঙ্,
করি য়েংদুনা চাওথোকই ।

লমচৎ, খোন্দা, পুকচেল থীবনা চন্নদবনি
শক্কী হাঙ্গৈরুরবদি ক্বাকনা হেল্লি নঙোন্দগী।
নংগী নখোলতবু মুংশিবনি,
নরমচৎতবু পাম্মুবনি,
নতৌতবু মুংশিরুবনি।

---

## অয়ুক।

নিংথিজরে অয়ুক সিন্দুর ঙাংশং তৈবিরে।
কনানা তৈবিরিবা নিংথিরবা সিন্দুরসে?
কনা উচুনা অমুক নিংথিনা নোকলিবগে?
কনানা তম্বিরিবা অসিগুম্বা মীনোকসে?
নিংথি নিংথিরবা লৈরাং মখল মখা অয়াম্বা,
কনাদনো খুজোক থন্না থন্না কৎলিবা?
অতৎপা লৈতনা মুরুম মুরুম শোল্লিবা,
কনাবু খুরুম্বগী মন্ত্রনো শোল্লিবা?
নথবাক চোৎনা পি চচুম শিন্থুরিবা,
কনাগী দমকনো নংনা অমুক কপলিবা?
নংনা উরিবা মতিক চাউবদো কনানো,
অমুক্তা উহনবিয়ুগবা মতিক চাউবদো।
ভক্তিগী লৈরাং খুজোক থন্না থন্না কৎচগে,
মিত্তগী পিনা চরণ অনিচু শেংজগে।

---

## বসন্ত।

হেমন্ত ঋতু হৌখরে মাইকৈ অপুম্বা শেংলে
ম্নুংঙাইরবা বসন্ত ঋতু চংলকলে।
হৈরাং নিংথিবা পাললে লৈরাং নিংথিবা শাৎলে
উ, ৱা অপুম্বা অনৌবা ময়োল হুল্লে।
থা তরুক লোৎলুরগা তাঞ্জা ওইরে খন্দুনা
বসন্তগী মরুপ কোকিল থোরকলে।
মহৈ মহৈ তান্নবগুম ঐনা হেল্লি মওংগুম
কুহু খোঞ্জেন্তনা মাইকৈ মরি থল্লে।
মনাইগী মতৌ উবদা হয়াওনা লাইরেম্বীনা
হরাও মীনোক খোঙ্গৈরুম তৌবকলে।
খাংজেৎ অশংবা হোংখরে লৈতনা লৈতেং ওইরে
মহৌশা কৌবা লাইরেম্বী নিংথিজরে।
হরাওজরে খোইমু উজবদা ময়ামতু
ভ্রুং ভ্রুং ভংলতুনা থৌগল্লরে মবেম্মগী।
অশাৎপনা কেলহল শাত্তবনা শাৎহল
শেমলরে নিংথিবা হেন্নবা মবেম্মগী।
চেকলা থিবিক পেঞ্জরে পোম্বী পুম্বা লাংতকনরে
ইশৈ শকলকলে ফজবতু থাহুনা।
তাইবংপুম্বা হরাওরে মাইকৈপুম্বা নিন্নরে
শোল্লকলে ঈশ্বরগী গুণ অচৌবা।
খুবাং চাংজৌ লৈতানা তরং লাইজা শিন্থনা
খুরুমজরি তেংবানবা মপুগী খুয়াদা।
খৌরাংনা লৈজরবা ঐগী থম্মোই লৈবাক্তা
কৈদৌঙৈ ম্নুংঙাইরবা বসন্ত ঋতু লাক্কবা।

---

## লুপা।

হে লুপা! ঙকই নংগী নগুণ খল্লুবদা।
কনা লৈরিবগে নংগী নগুণনা শুক্ষত্তবা।
মমাই-মমিৎ, মশা হুমাংনা পুমচোৎ চোত্নুনা,
কালেন মুংশাগী চাকলবা মৈশা খাংহুনা,
অয়, অয়, তিতি, তিতি হাঙ্গৈনা লৌ খোইরিবা;
মুংশিরবা মরৈবাক লমদম থাদোক্তুনা,
মপা, মমা, মতু, মচানচিংবা হুঞ্জেক্তুনা,
শিবা নাবা খুদোংথীবা পূম্বা কিবা লৈতনা,
শোংলবা উমং, অৱাংবা চীং, তুরেল লান্দুনা,
লল্লোলপোৎ পুত্নুনা মীরৈবাক্তা চৎলিবা;
ভাকু মীহাৎপশিংনা মখুত্তা থাংশাং পাঙ্গৈদুনা,
মুংশিবা লৈতনা থৱাই কয়া কয়া হাৎলিবা,
মীগী মপোৎ সনা, লুপা, হেয়া মুন্দুনা লৌরিবা;
পুমনমকসি কনাগীদমকনো, হে লুপা!
লৈতে নঙোন্দগী হেন্না মুংশিবা মীওইবনা,
নত্রবদি করিগী শিন্নগদগে মচাগা নংগা।
নত্রবদি নরক লিশিংদগী হেন্না ৱারবা,
করিগী ওইরুগদগে মীগী মনাই ৱানা।
হে লুপা! নংদি মপোক অসিমগীদমক্তনি,
হিংলিঙৈগী মতমদা লৈমিন্নগদবা ললনি।
শিয়গা লোইনগদবা অমাং অতা লৈত্রবা
লল খিবিক্তগী লেংদবা ললবুনা
হে লুপা! কাউহল্লে মীওইববু নহাকনা
সংসার পুম্বসি লোইনা ঙাওহল্লে নহাক্তুনা।

---

## নোকনবা।

করিগীনো ইকাইগদবা মীনা নোকনবদা,
মীনা ঙমনদবা থবক ঙমগে হোৎনবদা।
নোকনবগী য়াহৈবু থনগনি পাওতাকনি,
নোকনবশিংবুনা নিংগনি চান্নবা মরুপনি।
যোংকী মথৌ শংবনি থাংজবগী মৈফুদা।
লিংজেলগী মথৌ শংউ নোকনবা য়াহৈনা।
মীনা থাগৎপগী য়াহৈবু নিংউ নোকনবনি,
মী অহুবুনা থল্লু অথোইবা য়েকনবনি।
অহুতদা পাংগনি থবক মীনা ঙমদবা,
ঙমগনি মীঙোন্দগী মীথোই মীহেনবা।

---

## মৈতৈগী হৈশে।

তাইবংপানবগী মপু ৺ শ্রীগোবিন্দজিউগী চরণদা,
মৈতৈ ঐখোইনা নির্ভরি।
লৈবাক প্রজাগা লোঙ্গননা মৈতৈনিংথৌরেন য়াইফবনা
পুনশি তোলোইনা পানবসি
পীনবিয়ু হাইনা খুরুমজরিনে ইবুঙো॥

লোইরবা।